# অনৌবা য়েন্নীং

- ✻ কুঞ্জলাল
- ✻ মাইনু পেমচা
- ✻ য়াইরিপোক থম্বাল
- ✻ য়াইথিং-কোন্নু

পিঃ কোকঙাং সিংহ

কোংপাল, পোরোমপাং রোড

---

পুন্নমক অইবগীনি          মমল লুপা ১·০০ খক্নি

থোংবা :—
[illegible] ষ্টোর লাইব্রেরী, কোংপাল




অহানবা থোংবা জুন ১৯৭০
কপি মশিং ১০০০,



কাকপ্ত :— ইম্ফালগী লাইব্রিক ওনবা প্রকাশকশিং

নম্বথং :—সরস্বতী প্রিন্টিং ৱার্কস, ইম্ফাল

শ্রীমান/কুমারি/মতী ...... . ...................................... গী

শুভক্ষণদা "অনৌবা য়েন্নীং" হায়বা লাইরিক অসি খুদোল ওমজারি।

## শ্রীশ্রী গোবিন্দ

হে। ঈশ্বর তাইবং শেম্বীবা
নংগী থৌজাল্না ননাইনা চিংজরি
ঙমজরি সাহিত্য সেবা ঙসিনু।
পীনবীয়ু থৌজাল মতম চুপ্পদা
ঙমজগে ইথোদাং পাংথোকপা।
তাইবং পুন্সি লোইরম্দাই মীকুপফাও
কৈয়েংনা মীংথৈ শোনবা ঙমলিফাও,
শোনজগে মপুংগী শুভনাম ননাইনা
শ্রী গোবিন্দ শ্রী গোবিন্দ।

লেখক

# কুঞ্জমালা

কেগে মোইরাং লৈবাক্তা          কুঞ্জমালা কৌবী লৈরাং'মা
ফুগাইনা লৈশাং তমলকউ          কেনখিদো খাঙ্‌থক্কা
নোংদম তিন্না চিকতুনা।

মপু মাগী থৌশিললনী          লৈরাং লৈশাং শেংনাখিবা
নোংদম থিদা হুজাও          পূন্সি আয়ু তেনখিবা
কন্নকইদা মৈতৈ নিঙোল।

মতম খর মপুন্সি          মৈতৈ জাত্তা পোকলম্বা
মাগী জাতকী চংনবি          শুরা চংলা, নোমল হিং
চংনবীদো ভাকলমই।

হুমিং শিংবুম কয়া'মা          কুমজা কুমওল কোঙ্গায়বু
কাওবগী লৈরোল চনথ্রবী          নিংশিং ইপাল লাংববু
তাংলৌ লৈরে য়ারৌহু।

লৈতংগাই লকী লৈবাকলৈ          হুরা মাগা পান্দমনী
পোকতবী পলেমগী লৈকোন্দা          শিঙেল লৈমন চনখিবী
খল্লুবদা হুংনাংই, মৈতৈ চহু।

পলেম নৌনা কায়নবনা          থায়না মৈথু লাংখিদো
য়োকচবী শরৈ খাঙহুনা          নাওরা লাংওন লেল্লেদো
হৌজিক্কা শায়েপ কারকলে।

মতারোইলকতা তিনজদে          হরাও কুম্মৈ য়াওজদে
পোকতবী মমানা য়ানবা          য়ারা শিন্থা কয়া লৌ
খদাং চীক্না থাংজৈদো।

চীংজাও নাপোম থায়ন থায় রাই রাই শমলাং কাকতাপা
লোইবী শীংজা লুরেন থক মায়খোং তবা লাংন লাং
খোংকাপ নাহুম তোইজৈদো।

অহাং নাওরা ওইজৈদই কৌও চেংও কুরোল হু
রান লেল্লী কুঞ্জমালা যৌবন মতম ওইরকাও
নোংমতা কাংদে মীকপথোল।

শজীবু মালং লিরীবা চীংমায় জাম্না লৈরাংশিং
সুজান রাবদা ওমনমক শান্তী পাওজেল তমলরি
পোকতবী চৈরাক ক'ওহল্লী।

হাদ পলেম ইমাও নযোম শায়েং কল্লকলে
ও'সদি খোদাং তাকলরো খোমলাং লমন শিংলগে
নিঙোল পোকপী লাইরবী।

শুবে চংলে মঙাংলে ফমলে চারে মশেল্লৈ
খোল্ল চৈরে শেংলে ঙাং কাল্লে কুরে কান্দ্রে চৈ
ওংপা য়ারে মওংলে।

তুংলে হিপলে মচৈবী কেরে কেত্রে মঙাংবী
তৌর তৌরে মহায়বী তৌদ্র তৌদ্রে মচৈবী
পুন্সি হায়দো অসিরা।

মীওইবগী মপোকপু অস্থক রানা থম্মদি
লৌশিনবীরো ভগবান হিংনিংদরে ননাইদি
মংগী চরন্দা তিল্লগে।

হা ইমা অপোকপী পলেম লৈখিদ হুমিংতই
পোশ্বাকম থঙদে নোংমতা অস্থক রান হিংনিংত্রে
পলেম নাক্কা তিল্লগে।

পুকচেল কনবা কনানো প্রেমগী ঈচেলবু থওইদবা
কনানো মমাবু কপহল্লীবা খোঙদা তিঙ্কুর থাংগেরা
কপন লেনগেরা তাইবংসিদা।

কৈদোম থকী শিঙেলশিং মালং পাওজেল তাইরিবী
চীংগী খোয়মু পাইরিউ শাজহৌ কুংশি রারী
লৌনম চাওবা খোয়মু পাইরখিনি।

নারক মোংশোং মক্লুংদা তিংখঙ ক্লুম্বৌ মরক্তা
কংনাইদ্রবা ঈচেল কয়া লেপনাইদনা চেল্লিবা
হায়দোকউ মোংশোং থিযু!

থবা মমৈ ঙাইরবা তাংলৌ ইচিক হল্লবা
অময় অঙাল শিন্নরমদাই খঙহৌদনা শুক শুক মমলিবা
কৈদনো শান্তি জীবন।

নোংমগী কোরৌ ক্লুমিংনি মনিং য়েনবা য়াহৌ 'মাং
য়োকচনী পলেম য়াখংনা লোইবী চীংদা থারকপা
পাম্ব ঙাওর মতমদা।

মালা লাংওন ইথমউ তাংলৌ মানা ময়োরক
ক্লুরায় রাবা মকোকউ খোইয়ুম মানা মতম্মক
ক্লুরান খোংদোয় হনবনি।

মংলান রাখল তৌন তৌ চিংন চিংন চীংল-চং
শুরি থুংক্তা পায়হনা ক্লুঙাম্ব রাখল থম্মোয় কাও
চংলি মিংপু ইশিং শিং।

মপাং কনা য়াওদনা লোইবী চীংখোং চীংয়াতম
অনুম থোকউ তমখিবা ঙংল পাম্বা থেংনরে
ওয়া রাখল লৈখায় তাই।

মৈতৈ নিঙোল হৌনবা খুংলাই থ'দে মখুত্তা
পাঙ্গল হনদে কিহ্নবা মৈর শক্তি পুখোকপা
মৈতৈ চহু নীতিনি।

গুরু খিবীকী অথোইবা ঐবু পোকপা পস্তোগু
পাপ চেন্নবী মালানা থাম্বী থারে নিংগনু।
নচাবু ভাকপীয়ু পস্থো।

পুন্সি যৌবন অরুক্কা সুজাগী শিস্থা খুদি'দা
তেংবাংবীবা হুংশিবা খোইবা কৌবা নহ রা
রারৌগনু নশানৌবু।

চিক্কা রারী শারমদ্রে হুংশি বিদায় তৌরনদ্রে
শামান্নবী ইত্তাশিংদা হুংশি খোয়নৌ হ'লুগু
কনাস্থ পাওখুম পীবকওই।

তৌবাং থক্কী ন'লবা রোগী খাংপোক শংঙ্গী 'ভক্তারী
পোকত শবৈগী কাংদ রাখল মীনাই কমদা হুংশুকনবীবা
ক'ই রাখল প্রেমগী চৈথেং।

সাধু সন্ন্যাসী দেশকী জরান নেতা পণ্ডিত কৈশুমশং বন্দী
লৈম কোন্দা ভরাগী মথেল ক'লিবা এতোম হায়রোজেন মৈথুলক্কা
হুংশি ঈচেল লেপতরী।

পুন্সিগী অরোইবা তাঙ্গানী কোরৌ মুমিং তারেদো
বিদায়গী অরোইবা খোঞ্জেলসে তাইবং কনানসু তমলমদ্রে
পাম্বা থরাম্বা তারেদো।

পাম্তা পোম্বী চেন্নানা শঙ্খ শঙ্খ পাইবদো
লমজাও মালং অইংবী ঐবু'রাবদা ইংহনবীদো
নখোয়তনা ঐগী রারী থগবনি।

চীংজাও নাপোম শী'জা'থোক পাংকী শিন্নু এলাং কেক্তোইখোক
মরুপ কোজাই ভাইয়রে'ই চেংহী শম্বাল লাংলরে'ই
তমগী পোম্বী পাইখরে।

মপু মাগী থুয়াদা লৈরাং খুজোক কংব্রিটৈ
নে'ংদম থিদা ভগবান থৌজালবীদে নুংনাংই
শিক্তেল লৈপুমজ্রীবি লৈরাংদো।

মঙলানচাগী ভাইবংসে থাওমৈ অমা ভাল্লিসে
কল্লক চাওবা ময়াসে য়েংথিনবা কোজায়সে
শিরগা লোইনা নুংশিনৈ

খোমদোন মমা অয়োকপী হুজাগী তিংখঙ ওইবীসে
পুত্রি প্রেমবু কাওরক্লে থৌজ'ল লাইজ খিক্লক্লে
মীৎকা পিনা নোং চুরে।

ভোর্কলুং লমজাও মীয়াম্না কৈবন তম্না শাখরে
থোইবা য়াম্না চীংগোয়দা ওম্বা পুম্বা য়াতানা
থম্মোয় কায়ন শিম্থারি।

ঐগী থম্মোয় লৈকোম্দা নাইতোম লৈরাং পোমলম্বী
পুক্লিং য়ারা ফুম্বংনা ওসি ফাওবা লৈরম্বী
ঐগী কুঞ্জমালানি।

তাংলো চাদা কো'দোক্তা থম্মোয় থম্মোয় লৈশাংতম
চিনবান থক-থা চিংখিবা হুরা নহাকথকীনি
হুজা নশরুকীনি।

মীৎম্না থম্বাল চান্নখি শিম্থা শিম্থা তেংবাংনৈ
য়াখল নোঙাল্লকপদা কদায় কুঞ্জমালাদে
চে লৌ মাগী উদরে।

লোইবী চীংঙ্গা শীংজাখোং লামল নবুক থবং তং
পলেম শাবী চৈরাক্‌কী নশিল নজ নশিলশা
শীংজা কোকথোং চনখিবী।

অচুঙৈগী মতমদা মুজা অমা থেংনখি
খোইব নংগুম ঐহাকসু নিঙল রাখল কোংখিদে
রান লেনখি মহাকথক।

খোইবা নংদি লাইবককৈ নশানৌ শিঙ্গা ভেংবাংখি
ফোংঙমত্রবসু চিনবান্না মুংশি থৌদাং পাংথোকখি
চান্ন' লমন শিঙমখি।

লাইবক থিবা ঐহাক্তী মপোক মহৈ য়ানদরে
মুংশি লমনসু শিংখিদে চীঙ্গোই য়ারাসু পাওমেনখিদে
মুংশি মশকতবু থঙলুবনি।

মপানা (মালাগী রাখলদা ভাওরছনা মতম'কথক্তা অশিবা মচাগী দেহ কোন্দুনা)
লমজাও মালং ইপোমল'ং কোরৌ চীংঙ্গা খেঙ্গোংলাং
খোয়রেনতাকী লমন্নাইদা ইমোম লৈপুম্নরেদো
খোইবা ইয়া শক্লেদো।

নয়ন নোংইল মীংঙ্গানি থঙ্গাল লকা মায়খোংনী
রাই রাই শক্লাং নিংছনি তবা তাবা চীনবান্নি
কাওঙমত্রবা শকও'নি।

মরু লুকপদা তরুগুম্বী খাঙবা কনবদা চীংজাওনি
উজাওগুম্না থৌজালহৈ তান্নাগুম্বা খোঙ্গাংনি
মোমোন নোকপা মায়খোংনি।

পুঙ্জিনা মঙোল চোংলকপদই পলেম কৈরাদ চাওজবী
মোঙ্ লমদম স্তামলোকো কুঞ্জমালা শান্তি ওইরো
পন্থৌদি কম্বীথক্তা লৈহৌরে।

খুঙংগী লৈরাং অনৌবী মোংশোংলকী চিনিচম্প্রা
লৈমকোন্দ য়ৌদ্রিবৈ মানজ নাপদা থেংত্রিবৈ
লৈথোক লোয়রবোই থাঙ্থক্তা।

কম্বী থকতা লেমলৈ হাপ খাম্বী মৈবু য়াংশিনলম
কনাগী মায়থোং য়েংলগা মালেমসিদা লৈহৌনি
ইপাস্থু নতুং ইল্লগে।

খম্বা নোংবান অনিগী খোইবী য়াথোক লোয়বকাল
তিংমন চাংয়েং য়েংলনি মালা নংনা লৈখায়তা
মোইরাং য়ারেপনরেদো।



# মাইনু পেমচা

পম্থো নৌনা কায়নবী লুখ্রা পলেম নাওয়োকপী
থাবুম থাজ থানিলনী রাশক চেংপী সতীনী।
লমজাও উজাও কনাম্থ তেংবা.নিংদে সতীগী
রাথল মোংশোং মরক্তা পোম্বী নাইতোম কাইদোংবী।
লাইর থাংপোক শেগাইনুং পলেম লুখ্রান চানজবী
বরা চাওবা আজ্ঞাগা চান্ন মরুপ ওইরিবী।
শেগা মাইগা পাওথানা নৈপুলনসি রাশকনৈ
সমাজ রুহি হৃকনবা মুংশিবদা চংনদে।
সমাজ পনবু লানহুনা বরা চাওবা চংলেদো
দেহ অমত ওইহুনা অনিংবদা তমজৈদো।
লমদা থাগী শিরমদাই শিব দর্শন মুমিৎনি
মুরা পাথও অনিনা শিব-দর্শন পাংলকলি।
মুরা থওদ লমদমদো পাথও মান তাকপীরি
তুং-মাং য়েংহুনা শাবী-শানৌ থুমাং তোইরকলি
—মাংদ উরি লমদমসে করি লমনৌ তাকপীয়ু
অপওবীদি ঐরোন্দা মথং মথং হায়বীয়ু।
'মুম্রা অমুক চংচদে লমদম অমা থওক্তদে
লুখ্রা নাওয়োক ওইবনা থোংকাপ অমা চংহনদে।
নৈচিল পৌরোল লোল্লিবা শাংথা লোংথা তারিবা

পোয়োমপাৎনি অসিনা কোংবা ইরেলনি মাংগীনা।
ইরিল ভুরেল লাল্লদি য়ারল পাৎনি উরিবা
চোংগাং নাপোম লোনবসি হুপনা নাতৈ থিরীবা।
চেক্লা শঙ্, শঙ্না পাৎয়াইসিদা চাক্লারী
কোয়ৌ মশেক তারমদাই উরোক শঙ্ পাইবনি।
চিঙন্নুং চাদি কোঙ্গাইনা মনিংতম্না শান্নরৈ
ইপান থাগী পুজিদা লাইজ ঈমায় চোনবনে।
থম্না, থাংজিং থরোম্নু মায়থোং মকা লামজৈদো
শাবী শানৌ কয়ানা থরো থমচেৎ চারৈদো।
হুরা ইনেম মচাও লমফেল পাক্তা পোক৮বি
কোম্বীরৈ কৌবী লৈয়াংসি পান্দোং চায় লিংলমসি।
অশৈবনা থোজৈ থোৎনবা ইতিহাস লামায় কাংলমসি
পাক্লবা রাথল লমপাক্তা পিরাং শিন্থ কপহনসি
কোয়ৌ হুমিৎ চাইরকলে থুমাং তোয়য়ু কোম্বীবৈ
তাংলো লৈনা থেঙলগা হুরা চোকথরকপনে।
চীঙ্গোই স্নান লোইরহুনা লোইবী নাপোম লানথরে
শিব-দর্শন তৌথরে পুজি লৈপুন নিথরে।

★ ★ ★ ★ ★

অঙাং নাওয়া ওইরিঙৈ চেগায়না পৈশা শায়িঙৈ
নাপদা কুমলং চিল্লিঙৈ কনেক থোইদোম শেৎলিঙৈ,
লাপনিংলম্দে পলেম নাক্তই থরাই থোঙ্গাল লাম্লি দে
শাবীনা মথোক কারকঙৈ মীরম্না ইরম ওইনিংবনে।

শাবী শানৌ তাংলৌদা প্রমগী দর্শন ফংলগা
থওইরকস্তে, কাযনথং তাঁম্লবস্থ ফংলগা
অফং অফং লৈকাদা লৈরাং লৈহী থিবদি
থোইমুশিংগী লমচংনী অনৌবা লৈকা য়েংবদি।
থাজগনবী মুয়ানী মুংশি লিশাং থাগলবী
মাঙগী তুগী খদুদে অমাং অতোং খিদবী।
কোরৌ মশী যামলকলে কুমঙাং বুমশীং কাদৌরে
পাথঙ মাদি লৌনম চাওনা খোংকাপ নাস্তম তমলত্রে।
লাইবক খিবী কোন্দৌরৈ অরাবা ঈপাক্তা তারকলে
মুংশি পেৎলুম পুচুনা মৃতু ঈচম শিবমলে
চৌংখুং চাদি নোংহলনা পাঁগশি হাযবা পাযঙমদা
তুগাং শেৎন নোংমদোন থক পুন্সি লাংওন ছাইজবা,
রাশক চেৎপী পেমচাগি নিংবগা পাঙবগা মান্নবা
লমলান মিংয়েং চন্দ্রেনী সতীনিদো কেদৎনবী পেমা।
থঞ্জ ইচ্ছল পীরমলগা বদ য ববা চাওবা আজ্ঞানা
অঙম্বা সঙ্গ মরক্তা কোনৌ থুনিংকুম ছাল্লবা।
নোংমত্তা কাংদে মীকপথোল লাহরা হৈরাং পেমচাদো
মিকুপ পূজা কযানা থারুম কয়া লানথ্রেদো।
মঙম কুইনবী মতুংদা ববা চাওবা আজ্ঞা লেংলকলে
নি থৌনা চান্না তৌবীবা অঙম্বা মীঙ্গৌনরবসে।
তানজা ফংলে মুজ না মুংশি রাকৎনবগী
অরেপ্পা অমা হায়বীরো ওঁস খোংলোক ওইরসী।
থে কাই থুংনা পনলংল্লে মনমনা শরা শনথরে

মতিক চাদে থলহৌদে অপাম্বনা লাংবু থাকখরে।
হুংশি নংবু কাওবরা আজ্ঞা মতম লৈতরে
মমাংতৈগুম চানবীয়ু ঐদি চেনবা য়াদরে।
মতিক চাদে খঙজদো মমীংতদি ওইহনবীয়ু
তুংগী মাংগী য়েংহনা আজ্ঞা য়াথল তৌবীয়ু।
নংগী চরন শেংজগে নখুয়াদা চংজগে
লেপত্রে ঐগী থম্মোয়না নংনা ঐগী নৌরেললনে।
যাইবী মাঙবা কিজদে সতী ধর্ম্ম ঙাকপদা
য়ারে পুবিরো, য়াদ্রে চৎলনি হায়বি থরাম্না।
কার রানো শীঙেলও লৈবাংনা নপাল করিঙৈ
খোইমু শক্ত, পায়রনী লৈনম চাওবী কোম্বীরৈ।
খোইমু শাগল মুনখবে লেংবা কৌবা য়াদরে
অহন্বা কৈদোম পায়বরে নিংথৌ কোন্দা তোংলুরে।
পাংইবা হনদে ইশাশে ইশাং খোহমুনা খিংখবে
য়াদ মতাং খোকপননি শানৌ চিন্তা তৌবন্নুনে।
তাইবং পুন্সি ঈপাক্পা ইদোম তবক লমথাবা
চাংজো লাম্বা হংদরে পিগী নোংলিক অকনবা;
পুন্সি হিসি লুপত্তোরে ঈরাক্ররে ঈযায়দা
ঈযাইদবু লুপগ্রবম্ন খোইমু নিংবা থুংহোরো।
ঐগী নৌরেল হিনাওনা চাংজো য়ায়দা মাংগ্রবম্ন
ইরাইবককিনী ইবুঙো পুন্সি হিসি লুপগ্রসনু।
তনিকসবা থাংমৈসে থরাম আত্মা ঐগাক্তী
আজ্ঞা ননিং থুংহৌরো পামুদরে ননাইদী।

করি হ্রানো চান্নবী মশা পানবা খোইমুশা
কায়দোংকম হোংলোই থল্লুবা হুরা রাখল খেল্লীনা।
লৈহী থন্না থকলগা কাইদোংকম হোংবা নিয়মনীনা
লমফেল পাংকী কোন্নীরৈ ঈর্থো কোঙ্গাই শিংতুনা,
চীংলোন লান্না থারুগে হুরা নপাও তমলুগে
লাইবক থিবা অশৈবনা পৃথ্বী থুংনা শল্লুগে।
কায়ন পুক্লিগী তাংলৌমা নিংশিংলকই হৌথিবা
লাইবক থিবী পেমচা মীওইবগী শিম্বানী কায়নবনা।
করে অচু মঙাইরে নিংবগ্রব শবি থুংবনা
মীওই পোকী নীতিনি ঐগী লমচৎ হোংলরোই।
খোয়জী খাগী লৈরাংসে লৈরাং মালী থঙহন্নিংবনা
খাংপোক শংদা লৈবনী ঐনা রাখল তুজুংনা।
ওকুবী ঐবু থাকপদা মীরা মীশা খাঙলবী
হুদু মল্লেনববী কমলাক কুরু তারবী।
মাগীদমক থনবদা পীগী ইরা কংদরি
মাসু ঐগী খনবদা মীৎলু শিরাং কংদরি।
হুপী ওইবগী মপোকসে তোল্লি তোল্লি জগৎতা
পোকচনিংদে অনিরক থংন জন্ম অমদা।
ইমা নংসু লৈহৌরো খাম্বী থারে নীংহুকো
তুংথ মাংথ চৎপনী ঐনা মাংবু থারেকো।
ফজদেদ আজ্ঞাও করি মতৌ কৌবনোদা
ওমই খন্না তৌবরা কনা লৈতে নিংহুনা।
তোল্লবীগী থুংলাইদি অতৈ করি লৈজদেকো

ঋরে ঋরে লৈহৌরো অঙম্ব লক্সা তিলহৌরো।
মিংচৎকী থাংমৈ থাজৎলু তাইবংদা নম্মিং শন্দোকসে
মুৎলমদাইগী থাংমৈদি মালেমদা মঙাল হেনবনে।
মীওইপোক্কী পুন্সিদি ইজ্জৎনা লৈতেং ওইরগা
ঐগী ইজ্জৎ মাংখ্রবা হিংহুনা কৈদৌনি জগৎতা।
ঐবু লোইব দেবতান চানবীত্রবদা জগৎসে
লোইবে হুপী পুন্সিদি ইমা ইপা কাম্নদে।

★ ★ ★ ★ ★ ★

ভাংলৌ থেংবা অহিংদা তাইবং বিদায় শুম্মিংতা
পলেম ঋমুং তবেংলক কাইনরমদাই পাওমেনবা
খোইনৌনা বিদায় লৌরমদাই তনিক্লবা খোঞ্জেলনা
ওক্কবী প্রাইচিৎ ঋংলগে লৈহৌরোকো লাইরবী পলেম।
পতীগী য়াথং কায়দনা লৈক্লরগে তাইবং য়াংমদা
পলেমদা ওংলমই থনগঙ্খু মৈচাক হাপলমই হায়রুনা।
য়াদ মতাং থোকপনা পলেম তুংওই চৎপনে
লৈত লাইর য়াখলদা শুংনাংম্বনা চৎপা নৎচদে
বরা চাওবা অঙম্বা নিংথৌ কোন্দা কায়দোংবা
নংদি হুপা ওইবনা ঐগী য়াবা খঙজ্রেনা।
লৈহৌরোকো আজ্ঞা আজ্ঞা ননিং থুংহৌরো
তারিব্রা অঙম্বা ওক্কবীনা নংগী থরাম্নদা ;
নংগীনি খঙহনগে মতাগুম ঐনা সিদা লাকপা
ইবুংঙো য়ারৌবীগঙ্খু তৌরিবনি তৌখম থোকপা।

মাওগী তলা চৈনৌদা কারোং অহুম ফাংবদা
ঐনা পোথাজগেকো ইস্নুং তৈরা য়েংলো লাও।
লৈবাক পুঙজাও থিন্দুনা নশাবীনি তাকউকো
চীংয়া তময়া পুম্বদা কোয়না পাউজেল চংলুকো।
হাদ মাইস্নু পেমচাও য়েলহৌ গুনবী ইতারোই
সমাজ রুহি অকনবা নিঙোল প্রেয়া কল্লি তাকলিবোই।
লাইবক থিবা ঐহাক্কা সুরা নংগীদমক্তা
অহিং কয়া কপ্পা সুংথিল কয়া কৌরবা,
গুরা নংদি তাররোই ঐগী ইপাও থুমলরোই
চৌংস্নুং মানস্নুং অনিনা নংগী তেংবাং ওইরবোই।
কারন চাংজৌ ঈপাক্তা চিক্কা তে'থা লেনখিবা
হা। লৈকং-শ্রম্বাল তমগী খোইমু খোইরেন্না,
সুংশি লৈহী চুপলরোই সুংশি লৈহী চুপলবোই
পেমচাগী খরাষ থোঙ্গান্দা পাখঙনা চেপ্পপ যেংলবোই।
রাশগী ফৈরা মথক্তা নো ইল লাবা অমোম্না
নোংদোন থাজ য়েংলরোই পেমচাগী মপাও তাত্রবদা।
ইস্নুং তৈনা ভাল্লগা কাকী লানবাও মাং
বরা চাওবা অঙম্বা তন্না তলা নাকপু চং।
তোাল্লবদো উক্করে মংগী থোদোক নিংশিংই
মংগুম হাগুম তাখিবা পেমচাগী য়ারা মাল্লকই।
সুংশি চৈনা য়ৈররে ইকাই হঙ্গোই,তুজুংই
নি থৌ কোনশী রাখলদা খঙদে উদে হায়নিংই।
অবাবা খাম্বী মৈখক্তা চরৈ কিবু কুপ্পনা

মতম কুইদে খঙদরা প্রমান নত্তে কাওরক্সা।
পাক্সল শোনবী খম্মোয়না নিঙবা পাঙবা ঙমত্রগা
মখোয় মপোক নিয়মনি মিৎলুদ্দা পিরাং শিন্থবা।
মৈতৈ লমগী চেক্লা'মা সমাজ রুহি কিবদগী
ঙাইবং ঈপাক লানখরে তমগী পোম্বী খোয়োবী।
তাইবং খম্মোয় খুদিংদা মৈতৈ সুক্সা পুম্বনা
পেমচা পুন্সি মঙংসে হুবা খুদিং ঙমহৌরো।
ইন্সুং তৈনা ঙাল্লগা লৈবাক চোম্না তিনবদা
ঙাচজ ফিরুক খুমখিদো বন্না চাওবা শাগে পুম্বনা।
তাদ মীস্থ তারকলে থংন থংন পাউদম্বা
চীংয়া তময়া খুদিংগী হুব পাথঙ শোম্নবা।
ঙমই ঙমই অথোবা নিংথৌ কোন্দা চাক্সাবা
মিংচৎ পাম্ব জগৎতা নংস্থ মিংচৎ তাম্নিবরা।
খুনজা পুম্বা তিন্নবে শেগা মাইগা তান্নরে
কারি তৌ'সগে ঙাংনবে 'হুগা 'দাগা হায়নরে।
রাসে কোন্থুং য়ৌথরে নিংথেমগী নাপদা ঙমখরে
বন্না চাওবা অঙম্বা লৈবাক ন্নায়েল ফংখরে।
নিংথৌ কোন্দা লৈঙমজে মরুপ লক্ক। তিন্নজে
চারে থক্লে ফুম্ব'লে শুরে চৎলে শিনবাংজে।
লাজোল চৌংগী চৌংলক্সা হুরানা য়াহিপ তান্নিবা
বন্না তান্না চেনখরে পেমচা কৈদা লৈরিবা।
ঙাংথক নাইত্রবা পূর্ণিমাগী থাজ লৌনম চাওবা খোইমু পাইন্নরে
শিঙেল নংবু মীপাইবন্না নশাবী বন্ন' লাকলে।

সতীগী গুণবা কনবনা শাহিং কল্লব চীংঙুংসে
মৌন ব্রত তৌখরে পেমচাগী অৱাবা কোংদোকলে।
( লৈবাক খোংতুনা পেমচা খিবা )
ঐগী থম্মোয় লৈকোন্দা লৈরাং নাইতোম শাংলখী
পেমচা লৈরাং লাকখোনে বরাই চাইগোলদ শাংখিসী।
ঐনা লানখি পুন্নমক হুরা 'মুক্তা ভাকপিখো
তেৱা মোম্পাক মথক্তা পেমচা ন'বু য়াভারখো।
প্রান ত্যাগ তৌববা দেহ পোলাং চেৎন কোন
পেমচাগী লমন শিংলকই মিৎলু নাপোম পিরাং শিন।
থৌহু পাংথক থম্মোয়দা মিৎকী পিন। নোংচুরে
যমরাজগী মথুংতগী মাইপু তন্না মুন্নিংলে।
হুবা পেমচা নগাক্না পুন্সি তুমংল তাল্লিবা
কোলোয় মিংলেন থোনলম্‌পে চিকল লোকচুং হু'শিবা।
"পেম্মরোক" মিংগৌনা মতম খুদিং লৈহৌরো
তাইবং মীপুম খুদিংনা ভাদবগু তাহৌরো।
হুংশি মগুং লাংগীদমক সতীব্রত তৌখিবা
মৈতৈ মাইপু পেমচানা লেংদ খুদম থনম্বা।
নিঙোল পুন্সি লোইদনা শাখড নমথাক মায়রোংবা
মরোই মনাও কোন্সাইগী মৈতৈগী ফিদম থনম্বা।
চৎলো চৎলো মাইপুবী পুন্সি বিদায় তৌরসি
মায়া তাইবং ঈপাকতই পেমচা নংসু তুমলসি।

---

২৭২৮

# "য়াইরিপোক থম্বালনু"

মৈতৈ ঐখোয় চাওগোইনুং শিঙেল অমা নাইতোম শাংলম্মী
কাওগনু মহাকপু লৈকোল্লিগী লৈরাংনি, মখোয়গী খোংলবা
লৈনা খুদিং ইরি থায়নগী মৈতৈনা চাওখৎপগী রারী।

লৈশাংখোং থিঙেলদি নিঙথাইরে
য়ুম কয়া তেকনরে
অরাবা খোঞ্জেলদি নিল্লকলে
লৈবাক মপু য়ৌখরে
অরা খোঞ্জেলন তেংথারে।

লাইজ-মুংগী লৈরাংগ
মুরায় মীংলেন পাংথক ওই
কোলোয় মমৈ 'মু' না চম
কুমারি অমা থিরগা
রাংব্রেন থান চাওবদা কংলু।

পেব্যা পণ্ডিতনা ফাওরকলে
লৈবাক প্রজা রানরে
মহৈ মহৈ পাখৎনরকলে
অঙম অথৌন থিনরকলে
কুমারী অদো ফংদরে।

গম্ভীরসিংহ ইহাকথক
করি পাপপু চেনবনা
অমুক খুদোং থিরিবা
ঐহাক অমুক পাম্নিংব্রে
অরাবা অসি উহুনা।

লাইবক থিরবী মুজাবু
করম্বা অঙম্বশিংনা ফারকুনা
মতৌ করমবু য়েংহুনা
ইরাং পূজা তৌসিবা
করম্বা মমা মপান থারকবা।

ইচা চন্দ্রকীর্তিনা করম্বা
মীগী মচানা কনানো
চীংমুং কোনগী শিঙেলগা
লৈমা কোনগী লৈরাংগা
[illegible]।

খম্মোয় শোকপ য়াহৈনা মায়গৈ পুম্বা খিবদা
হুজা কনা ফংদ্রবদা পানা অহুম য়োয়বদা
শেল্লুংবা থৌদাং পিয়কলে।

লৌনম চাওবা শেল্লুংবা খম্বাল তাল্লোয় ওইযু হায়রুবদা
হুরা মানা য়াদ্রবদা অরাবা পিগে তেমশিংবা
খোয়ুম্না তমই নিংখরে।

হন্না অমুক হায়রুরে য়াবা কৌবা লৈতরে
নথায় ঐনা কনবীগে ঐনা হাযবা ইল্লুনে
হুজা নোংদম্বীগেনে।

লৈবাক প্রজাগী দমক্তা হুরা ঐ'মা মাঙবনু
লোক্তাকী থরোই'মা মাংগম্বনী শিদ পামেল থারম্বনী
মঙমগী কলম থাহৌনবনী।

খম্বালমু খম্বালমু যাইরিপোকী খম্বালমু
পিদোয়বী হুজাও লুখ্রা পলেম নৌপাবু
অমুক নিংশিংলমদ্রবোই।

লৈবাক প্রজা হুডাইনবা নংদি য়াংব্রেন থান চাওবই
মশাইকোন্দা চৎনিংবোই লাইজহুংদ য়োনিংবোই
শেল্লু'বগী থৌশিল্লা নশাবী মুহন কাউরবই।

অরাবগী লমদমসে হুঙাইব নংনা পামলীবা
চীংদা শাৎপা ইঙেল্লেগুম হুজা পুন্সি তেনখিবা
খল্লুবদা হুংনাংই, খম্মোয ঐনা তেংথাজে।

কারোক মহাদেবদা হুংশি পরৈ নিখিবা
রথ যাত্রা হুমিৎ নিংশিংখো নংনা করি হায়খিবা
পুন্নমক কাউহ্ননা করি লমদম পাংলিবা।

ইতাশা চৎচরগে    মতম থর হানজরমলগে
ঐগীদমক্তা মওয়া পুরকলে    হুন্ডাইয়ু হায়না ঙমলরে
মিংচৎনা খোঙ্দোই হুন্নকলে।

নখোয়না ইমা মাবু কাওবীয়ু    নতা ঐনা হায়জরী
লমন থুমলকনু তাকপীয়ু    ইশানৌনা হংলবদী
বিদায় হায়রম্মী পাওমেলবীয়ু।

শাবীগী মানজ পাম্মুবা    ঐগী থংলেন মুংশিবা
মুংশি কাদ য়ৌদরে    পাম্মু নাক্তা থুংদরে
মুংশি সেবা ফংদরে!

হয়েংমুক্কী মপোক্তা    থংলেন সেবা কংজগে
লাইবক থিবী নচলনা    নথুয়াদা চংজগে
লাপন বিদায় নিজরি।

মীনোক চাওবা সমাজদ    পাম্মু পম্থং কংদ্রেদো
অরোয়বা পুন্সি মিংকুপফাও    শাবী নংগী য়াথলদা
মীৎকী পিনা ভাক্চরি।

চীংদা শাংপী ইঙেল্লে    মেল্লে লৈস্না নোংজুমপাল
চীঙমুংকোন্দা শাংপীনি    হুজা মাগা পাংথকনি
লৈম কোন্দগী হৌয়ক্কে।

মুরা নংবু থম্বালহু    তাইবং মালেম হায়বসে
য়েরু কোঙ্গাই য়াম্বনে    অতোনববু তোয়া থববনে
মীওই কোঙ্গাই য়াওবনে।

"হে ! ইরৈবাককী হৈরাং লৈরাং    পালহৌখো শাংহৌখো
লাইবকথিবী থম্বাল ঐদি    নখোয়লক্কগী চংলগেকো
নিংথৌ য়াথং ইল্লুখিগে ।

নখোয়স্তু অচু মঙাইদো    মহুক্তু মতম চাত্রিবৈ
তমখিরবা মীওই লাক্নুনা    হেকলখিগনি খুদেক্লগনি লৈশা
ঐগা নখোয়গা পাংথকনি ।

ঐদি মাগী মনাইনি    মনাই ওইবা ঐগাক্তি
মপুগী য়াথং ইনগনি    তাইবং খোদাং পাংথোক্কনি
পুন্সি থাউমৈ মুত্রিকাওবা ।

হে । মৈতৈ লমগী মালংবা    নংনা চৌংলোন লাল্লবদি
পুবীযুকো লৈনমসে    অথন্নবা লৈরাংশিংগী
মৈতৈ লৈকোন্দা শাংলীবী" ।

---

# য়াইথিং কোনু

খুয়োল চায়গোল লমচুংশি লৈরাং অনি শাৎলম্মী
লৈরাংনা লৈকা ঝল্লকপা মপুগী নাকতা কৎলনী।
হৌজিকস্তা মোমোন নোলম্বী করিগী লৈচা শেংলরী
খায়বুং খায়বুং তাখরি মালংন ভান্না চুমখন্নী।
নিংথৌ শাগী লৈকোল্দা 'ওম্বা ফৈদোম পায়রম্বা
খুঙ্গৌ লেম্বা 'লেম্বী 'নীগী হৈরাংনিদো মাঙকত্রবা;
মচাগী কুইম্ম য়েংত্রিদৈ খমচুং শবা তানখিদো
থাংজীং শেবা লোইদ্রিদৈ মপুই নাক্তা লৈখিদো।
পীক্লা উলেন নংলবী লৈরাং লৈশাৎ তমলি খাঙপোকচুংদা
পীকলা মৌপ্না থাকনৱ হোৎনৈ লৈকাই কৌত্ত লংইদো মানা,
মতারোইলক্তা তিল্লুদে নোংমা কুমওন কুইম্ম য়াওখিদে মানা
চেংহি শম্বাল তোহনা লাংদে ফার শমলাং খোমগৎলি মানা।
যৌবন মত্তম ওইরবা মানা পলেম নত্ত পলেম শাই
পীকল মৌপ্না চাওনবা য়োক মশিল নত্ত মশিল শাই।
অয়ুক চাকলেম চুমিদাং তম ভানজা কংদা নোংলেন য়াও
লাইর খাঙপোক শেগায়চুং নোংজু চুংশা খাংবা য়াও।
য়ান য়োকথি মহাকথক হয়াও মীনোক কাওখিদো
সমাজ মীনোক নাকোয়না মৌপ্না চাওনবা খাঙখিদো।

★ ★ ★ ★ ★

নিংথৌ কোনগী লৈরাংগা চীংচুং কোনগী শিঙ্গেলগা

লৈনম করি খেংনবা মপুইহ চরণ কংপদা।
থুমখোং পেরে ইস্তন তম মপু মানা খঙখিবা
লমজা অমা কংলগা লৈবাক য়াইক পানবা,
শরিক চোমজাও পায়বিবী মাইবী মাগী লাইকাওবা
লৈবাক শিন্না য়াখিদো লমজা মাবু খিবদা।
পারী পোকপা মশেলনী লমজা কৌবনা কনানো
ইথান্নুংগী ইচাদি লমজা নত্তে মহাকতো
নিংখো ওইবা অসিরা হুঙাই য়াইকৈ হান্নবা
কনাবুনা লমজানো কনান অঙম অখো ওইরিবা।
মীগী য়াবা য়েংদনা ভমই খন্না শিন্থাবা
লইনা য়ানবা চংসিরা প্রজা মরা লোসিরা।
শকপ্পব য়াশক কাওগনি কবম শিংথ্রবা তিল হনজীলনী করম
ইচা ধারা ফংনীংবা ঐনা মীগী য়াবস্থ উরোই করম।
মপা মকম খঙদনা হুজা মানা পোকলবা
মাবু লমজা কৌগদ্রা লাইবক থিবা কৌরোইদ্রা?
পলেম পন্থৌ নৌনা কায়নবা পারী মমোম শিংথুবো
লমজা হায়না কৌগদ্র চংজকম লৈত্রবা মহাকতো।
পলেম পন্থৌ শুনা নাঙকোম্বা লৈতা লাইরবনা শিনবাংদ্রবা
পারী মমোমশিংথুবো লমজা মচানিবু হায়গদ্রা?
মখোয়না হয়েং চাওরগা অঙম্বা কৈদোম পায়রবা
অহুম লমজা কৌথিত্র মাবু ব্যবহার তৌরোইদ্রা
পলেম পন্থৌ য়াংলবা অঙম্বা কোন্দা য়োকলবা
শায়দাংলবা মহাকতী ঐখোয়না করি কৌশিবা।

কেগে থাজরাকপা অঙম্বা পম্মৌ হাকতক য়েংখিবা
তাঙ্গা মাতা ঙাইরিবা লৌনম তৌবা হন্নবা।
লমজা নৈরে তাকুলকলে লুমিং শিংখুম মঙানি লুং
লাইর লমজা পিগনি য়াশকলেদো নিংথৌমাং।
তাংলৌ মতম চাত্রবা খোমদোন শেল্লুং তম্নলাক
লাইরা কোন্দা থুংলরে য়াহৈশিবু তমলরে লোম্নলাক।
চাবা মপুক থনত্রবা লাইর মচিন মৌপ্নাদো
নোংগুম খোংনা কপখরে য়াহৈশিবু তাবদা।
বজ্র কোতী কয়ানা মকোক থকতা তারকলে
থায়নরনি খনবদা মচেম নৈমায় তুরকলে।
তাংলৌনদি য়ারকতা লাশ্মনদি চাকশিল্লক
শিংনাং নাতৈ কাংলকলে মনিং নৈশন লানখরে।
লোকতাক খোঙবান তাত্নুনা মরুপ মচেম কায়নরে
খুয়োন ঙৌবী মশোয়বুং হাওবা লোংপা চংখরে।
থাজরাকপা অঙম্বা নিংথৌ কোন্দা চাকতাবা
খুয়োন খাংশোক থাত্নুনা হাওবা থিবা হোংনবা;
লমজা মাবু থিবদা মোইরাং লমদম খুংখরে
উপ্‌ল উনা লোংলয়েং লোংল উনা উপ্‌ল য়েংখরে।
শারী পুরি হাকতক্তই চংনবী নিয়ম তুংইন্না
লমজা হায়বা অহুদি থাজরাকপা ওইরমলে।
মশা য়ানা মখোঙখোং ঙক্কী ঈবু থুমখোংতা
থুমখোং ইরোঙ মাশল কাং তন্না শেরে থুমহি কাপলে
ইরৈবাকী শোংখোক্না প্রজা পুন্না শেনখ্রে।

লৈবাক ইরাং নেমলবাকাল হাওবা মাবু থিরুরে
লোকতাক খোংহুংদা ফংদরে থাংজী'না লমজা লোৎখরে।
ঙসিগী মথং হয়েং ঙসি হৌগ্রে ঙরাং কৌ
হৌখ্রি ঋতু, লাকলি ঋতু ; অমগী মথং অমা।
মপু মাগী ভু'ইয়া চংলি কয়া কয়া তংঙনা
লাইজ থয়া লৈরম্বা পুখ্রি থম্বাল লৈরাং শাৎলম্বা
কংলকই নোংমা চাওরবা পুখ্রি লৈনা কেল্লি শাৎলম্বা।
অহিং তা'লৌ থেংলবা ইচিক হুনবা নোংমগী
নিংথৌ কোম্বুং চিকলবা নিঙোল কাদা হুজা'মা য়াত্রা র।
নিংথৌ যুবরাজ অনিগী নাইতোম পোকপী মমোমনি
য়েরু তিঙখং লৈতনা মপায় সেবা ফংজরি।
অহিং হায়বা অসিদি জগৎ শুখী মম্নানি
পাম্বী মমোম হুংশিবা সন্তান প্রেমবু কাওহল্লি।
কায়ন মৈচাক্না রারবী প্রেমিক প্রেমিকা অনিশু
মাইবনা খুৎপু শেল্লীবা অয়ো নাহেরিবশু,
খদাং চোক্না লাওরিবা রাজনীতিগী নেতাশু
কারখানাগী মৈনাকতা হুংথং খুৎতা পাররিবশু।
পীক্ল এতোম কয়ানা এতোম বোমবু শারীবশু
ঙাইহাক পুঙোই পোথানে নিত্রা মাগী তমপাকতা।
তাংলৌ লৈনা থেংলবা ইচিক হুনবা অহিংসিদা
কোম্বুনা তুমখুল তাল্লিঙৈ মঙলান চাদা মানজ'মা—
"থুয়োল জৌবী মশোয়বুংদা হুরা নগুং লাংগীমক
য়াইবী মাঙগদৌরেনে থম্বাল শক্তম উদনা,

য়াইক কোন্দা পোক্লুনা অচৌকোন্দা চাওহনা
ইনেমচা কাওরবোই লাইরু লমজানী থন্দুনা।
হুরা নংগী রাথলদা চারে থকলে কুম্বংলে
পাথঙ ঐবু কল্লুবাও মীগী মচাদি প্রান নোংদম ওইরিবী।
মঙলান থোদোক রাথলদা কোম্নু খাঙবা ভমথিদে
ওসি কাওবগী তাংলোদ পাথঙ কনাগী রাথলদে।
অচৌ কোন্দা পোকতুনা য়াইক কোন্দা লৈহ্নুনা
শেৎলে চাবে মনিংতম ভাংলে শকলে মথা তৌনা,
কনাগী মৈচাক হুংদা থম হুংশি মশক খঙথিদে
তাংলৌ মানা মযৌরক যৌবন ঋতুদি খঙতৌদে।
নোংদম বিধী কর্তানা খুর্জ্জে খোৎখি ভূংইম্না
শিল্লীবোইদো অসুম তৌ মীগী ভুংদা লেপ্তুনা।
পোংন্নু মনাই অচানবী কোন্নু রাথল তেংবাংবী
তমথোকলগা নুঙাইবা হুংশী রারী লিক্করী।
ইচুক ওকউ অচানবী অমুক কাওবা তাখিত্রি
খুৎথারবা অনাবা পান্দমগুমলে কোন্নুদি।
খুয়োল ঙৌবী মশোয়বুং তাখিদরি লমদমদো
মপু মনাই রাতানৈ সেগা মাইগা পাওহংনৈ।
মংলান পাথঙ খিনবা সনা বুধি তৌরকই
পম্পৌ চরন খাত্নুদা কোন্নু মপাও তমলকই।
কেগে নৈমরোন তরেৎনা তরা চাকপু চান্নগনি
নৈরা লেমলৈ চানিংদে লোকতাক লেমলৈ তানগনি।
শগোল তোংহনা পাওজেলুংদে লোকতাক পাথঙ তাখিত্রে

হঙেল তাইখাং নমদা পো তরা চয়োম থুৎনা পায়রে।
মণ্ডলান চাগী লোয়য়ুম্ব মায়গৈ তমলি মানজনাঙ্কা
শাবী শানৌ কাংলুপ্পা পন্থো সঙ্গাই লৈবিউ তাপ্পা,
মনিং তম্বগী য়াখলনে চানিংবতা চা শেৎনিংবদা শেৎ,
পুল্লরেদো এঙোন্দা য়াখল মপৈ মপৈনা
লোকতাক ইয়ায় নামীবা হুরাগী শাইনোল মতাঙ্কা
হুমলবেবে ইরাংতৌ লকনরিযে শানৈশিংদা।
থুমু নৌখপ তোইন ঙোই মাইগৈ খঙদ হিহোল্লি
লংইন থারকপা পাওথানি থুংলুদবদি মযাদ্রি।
মত রোইদি কাযনরে অমনা অমদা ইনচংলি
পোংনু কোন্থু অনিদি মালং খোংচৎ তুংইল্লি।
মালং খোংচৎ অস্থমলাক খুয়োল চীংঙ্গী নাঙ্কা য়ৌ
করি খঙদা ইনচিংলি নেংক্লা খেনা হবাওনা য়ৌ।
হঙেল তাইখাং তেকখরে মপু মনাই হুংবংলে
কোংন কোয়না য়েংবদা তম্বা কনা উদবে।
অথাপ্পদি লমদমদা হুমদং খাংপোক উরকলে
মংোল তাদে কনাগী মপু মনাই রাবনা থেংলে।
কোয়ন কোয়না য়েংই অহাংবদা মানা লাওখি—
"কনাগুম্বা পাখঙও পাঙল শোনবী ননাইগী,
হঙেল তাইথাং তেকখরে তেংবাংবীয় ইবুংঙো
ননাইনা কৌবা তানা-তানা খুম্বীদ্রবা ইবুংঙো,
হুজাগী নিঙবা থুগাববীবই নিঙোল পাপপু পুবীয়ু।
নিঙোলবু তেংবাংবীরবদি হুয়ান ননাই ওইজনি

খম্বাল অমৃত খোম্বাং হাওবা তন্না হেকপু তাই
অহানবগী খোম্বাং হন্না তাই হান্নগীগুম মমাইন্নে।
হাদ খম্বাল সুংশিবী মুন্না নতেং পাংগেদি খন
মল্ল' চৈন্নে শেগায়রে লোইদাম কুইনা লোৎপন।
মুন্না উন্নবা য়াররোই নোংদম্বনা তমলমদ্রে
মুজা শাপসু কিজে পন্থৌ য়াথংসু কাইনিংদ্রে।
মালং শাউম অকনবা মানজা মপাও তমলকই
পোংসু, কোন্থু ভংবু তাই মকম খঙদ হয়াওই।
ইল্লী চৈন্নে য়ুংন খাই কোন্থুনা খাংপোকতা হুন্নখরে
হাওবা মশক উবদা কোন্থু ইন্নাকনখরে!
মুন্না পাখঙ অনিদো মংলান থোদোক পাওদমনৈ
মুরাগী ব্রাহৈ তনৌবী কেথ নৌথ ব্রাবু ওাং
খজায় লেংওন তন্নচুপ মুংশি লংজিল কাঙখিদো
কোরৌনা চীংয়া চীংখোংতম মালেম খায়না বিদান্ন পী
কোন্থুনা হু'ওবা খাত্নুনা ময়ুন্ন লমদম পাং'ঙমন্ত্রী!
ভান্ন খঙোং পরেংনা পাইরি মন্থম লমদম য়েং
শানৌ ওইবীশিংহুনা শিন্থরি শীরাং মশাবী ব্রাখলদা।
ইন্নুং ঠৈনা ভাল্লগা কৃাক্কী লানবাও মাং
পন্থৌ ব্রাকয়ৈ অমনবা ইরোলমুংদই পুখৎলি।
হিবু তোংন লাকপনা কবো পদাংখোং'চাবুশা
হুইনীংগুম্বই মরানয়াই তরা চাখোং খিবশা,
চঙলকইদো হাওবনা য়াইথিং কোন্থু নাকতুনা
মুন্না শকৃভী লৈবীনি তৌগে নিংবা মনিংনি।

মচুশীন্নু মথক্তা থাংজীং চিরোন য়্রাচংনি।
মুরাগী নাইতোম ইয়োংশঙ থমলি লুবাকচুংদা চরৈথম্ব
ঙসি হয়েং হৌখরি চংখ্রি পুন্সি 'লেপ্পা নৈতে
পা-গা-পিগা ভিন্নবা ভিন্ন মরুপ মীংগৌ হোং
কুমারী কোলোয় হোংখরে হাওবা শাগৈদা তিনখ্রে।
কনা পুকচেল চমলন্নু সাধু সন্ন্যাসীন্নু ওইসন্নু
তানজানবু কংলবা ঐগী ওইবা নিয়মনী
কোন্নুন সেবা কংখরে হাওবা মখোং চামখরে।



নোংমা কোয়ৌ চুমিত্তা কুমগী মতম ওইবনা
চিঙউ মাগীদমক্তা তোর্বুং শা তানবা লেংলকলে
মনাই মশল কয়ানে থান্বী মৈবু থারকলে।
থান্বা য়াদা মৈরীবা লোক্তাক লান্না থুমন পাং
শাওরবা থুমন ভন্না লাক শাপোৎ লানপোৎ মোইরাংপাং
অঙন্বা অনি থেংনরে চাইনরেদো তোর্বুং মাং।
হোংনেম শুন্বা য়ায়খিরে থুমন্না জয়বু ওইরেদো
য়াইখিং কোন্নু কংলগা য়াইবী থরাই কললেদো।
থম্মোয় শোকপা য়াহৈসে কোন্নুগী নাপদা য়োখরে
কপ্পনা নোংশুম খোংখরে য়াখল পনথৈ লানখরে।
মমা তরামাথোইনা মতারোইদি কোঙ্গাইনা
অহিং চুংখিল অমিদা থেন্বা নৌবা য়াখিখ্রে।
থন্বাল মানবী কোন্নুদি কন্বী থক্তা লেমনৈ হাপ

খাম্বী মৈবু ইনশিনবা পাংখক ওইরে সনাহল।
মুপী ওইবগী মপোকসে মমা মপায় মপোংনী
থাজ তরা নাওপুনা খোমলাং আমৃত ইনবনী।
মখোয় য়াথং ইনবনা মুরাশিংগী শিন্থানি
কায়নবনা শিন্থা ওইরবা নিঙোল ওইবী পুন্সিনি।
পন্থৌ য়াথংশু ইলনিংই থংলেম সেবাম্ব কায়নিংদে
মতাংনদি য়ারকতা কোন্থ রাবু কোংলকলে—।
"নোংমা কোরৌ অঙনব কবো পদাংখোং 'চাবু শা
লাকলম্বদি পাখঙদো নচাগী লৈরাং কংখরে,
হৈরাং মমি তমখরে মাগী গোত্রদা তিনখরে
রাহৈশিবু তাবদা পলেম থম্মোয় কায়খরে।
য়াদা মতাং থোকপনা পন্থৌ মাংলা থোরকলে
পারী-পুগী হংলকপা খুয়োন হাওবা মীপায়রে।
"ইপা ইবুঙো অঙম্বা খুয়োল হাওবা ইমিংনি
খুন্থোলেম্বা পন্থৌনী খুন্থোলেম্বীনা পলেমনি
সনা য়েংখাং থোগল তৌ লৈরমই হায় ইচেমনা।
হাওবা মপাও তাবদা হোংনেমশুম্বা শিরাংশিন
নিংশিংলকই হৌখিবা মপা ইতাও চায়বা।
থেমল রাহৈ কোঙাইনা মপারিদা হায়রকই—
"ইপাগী ইবুঙো ঙসিদি ভিক্ষা অমা নিগেকো
পাখঙ নংবু খঙদবনা ইপানা রাহৈ কায়ল তোইখিবা
রারৌপন্থ লাইরবা অঙম্বা মাগী মচাও।"
"ইপা ইবুঙো নচাদা তাকপীয়ুনে অনিংবা

অঙম্বা থৌদাং পাংথোকক্কে সনা য়াথং অচেৎপা।
পাম্বোম তিংনা য়ায়বো'যা চরন্দা ননাইনা কৎচগে।'
"ইমোম লাংলেন ইচাসে নংগী লৈরাং ওইরবা
থাবুম খরদংদদি থুমন নাকন্ডা থমলুবা
পাখঙ কবি হায়রবগে পাবী য়ারা ভমলোগবা।
য়ারাসিবু তাবদা হুরা ইনেমচাদি
লৈমায় থক্তা বান্থরে গ্যানবু মাংলে ভাইহাক্তি।
"শানৌ ইবেম্মা মুংশিবী মুবা নংবু তাবরা
নহালমুক্কী মপোকতা পলেম পঙৌ মীবাইবকপনা,
চলক্কী হুন্নু অসিদা লমজ্জা ওইবে ঐহাকনী
হুরা ইনেমচা নংবু পঙ্গৌগী য়ারাসিদদি ভাকনী
মথোৱ যাথং ইনবনা নশিলথানী চান্নবী
লমজা ইহাকথকীদমক মোইবাং রাথোকনংবাদি
পাম্বৈ হাৎপা পাম্বু-পু শানৌ চিন্না লেবদি।
লৈবাং লৈমন ওইরে নিংথুনা কাওথোকপা নত্তে সনাহল
লেংবা যাদ পুদমন্নু মুজা নকাদা পিরেদো
মুপী ওইবগী মপোকতী মমা মপাই মপোংনী
পিগে ভমই পিবোই মনীং লমলানবনি ঐহাক্তা।
মুংশিবনা ভাইবদি কায়নবা কায়নবনা শক্তুংনি
নিঙোল পুন্সি হায়বসি কায়নবনা শিন্থানি।
থরাই হকচাং কাওনবা য়াইবী মীবেন শামলবা
মতমথুদা কাওপদ্রা ইরাল নত্তে মত্থদি,
চৎনবীনি কায়নবা উদরগা খায়নবা

উন্নয়গা চান্নবা নিংশিংলগা চান্নবা।
খম্মোয় মাপী মখৌনি অকাও নিংশিংনবদি
অঙ্গনা, হুন্না য়াইথিংকোন্নু পাখঙ ম্নারা ভুংইল্লু।”
হুন্না মানা মন্নাক্রবদা পাখঙ রাবা থেংগ্রে
চাও থকউ য়াখিল্রে কপত্নুনতা মরৈগ্রে।
হাওবা মান্নু মিপায়রে পন্থৌ কাদম্নু রাশকলু
সুংশি প্রেম্নস্নু কনশিল্লক ওইরে মরু ফুকল তরুগুম।
মনাই পোংম্নু য়েংদুনা হুরান মপাও তমলকই—
“ইতা ইবেম্মা য়েংউনে সন্ধ্যা আর্তী মতমসে
লোক্তাক পাৎকী পাৎয়াইদা ভান্নু থঙ্গোং পরেংসে।
ভান্নু থঙ্গোংলক্তুগী কনাগুম্বী ঐগুম্বী
আহং অমা মশাবী কান্নবগীদমক কপলিবসে অচানবী।
হৈরাং হৈমুন কান্নব কাল তেনবা কৌবী চেক্লানা
হৈরাং চিন্দমলিভৈদা লমহেনবাদি অঙাংনা
মথুত্তা নাওর পায়দুনা ইশাবীগুম্বা অমদা
যাইবী থন্নায জোগ্রো করি ওইবিদগে লাইবক খিবীদুনা।
ইতা ইবেম্মা পোংম্নু কান্নক্রবা মপোকসে
সুংশি মানা চান্দ্রবা খোয়ুম মানম্নু য়েংথিরে।
হিংলুদুনা কান্নক্রে থংন মপোক অমদা
পাম্নু সেবা তৌরগে কান্নদরে ঐদি হিংবা।
য়াইখিং য়ান্না তাবদা নোংবু খোংলে কপ্পনা
তুম্বা চাবা শেন্নরে থরাই রাখরে হাওবা।
হাওবা কোন্নু থানক্রবদি মোইরাং কুম্মৈ য়ারবোই নিংদুনা

থাংজীংনা রাখল তৌরকলে হাওবগী রাখলদা চংহুনা।
অহিং ভাংলৌ থেংলকাও থানজ্রবা হাওবা কোন্থু অনিনি
ইন্নুং তৈনা ওাল্লবদি খুয়োন কাংবু লাকলনি।
হাওবা ইরাল ওইরনি কোন্থু থাদোক্লগে খল্লহুনা
কৈরাথক্তা য়াতারীবা মনাই কোন্থু অরোইবা ওইনা
"ভাংলৌ মত্তম চাবদা কোন্থু উনরসিকো" হায়রদনা
খজাই লেংওন হন্না চুপ বিদায় পিরমলি হাওবনা।
মীংতা পীরাং ইহৌনা স্বর ফুল্ল খোন্থাংনা –
"পন্থৌ য়াথং ইলহৌরো কোন্থু চংলে লমজাদি।
খুয়োন ভৌবী মশোয়বুং মানজা লৈকরগেকো
ঐগী মত্তম লাক্লগা শুংশি নংবু লৌরগেকো।

★ ★ ★ ★ ★

চহি কুমওল হৌখরে নুজা কোন্থু উদবা
মরিং ভাওবা শাহ্নুনা খুমন পুংদ লাকপনা,
মবুং নত্ত মবুং শা খুমন হোজংদা চংলকলে
তমখিরবা খুমন্না হাওবা য়াইবী লৌগে খল্লংলে।
খঙদবনা অওইশা মনাইনা হায়বা রাবু লৌ
মমৈথংদা হাওবা মবুংনিবু হায় সনা সজাইদা' থমখিদো।
মাগী লৈরাং ওইগ্রবী মযোম কোলোয় খোলকই
"খোইনু হনবী" মীংগৌবে থংন পারী ইহুনলমই।
মীগী মপোৎ ওইগ্রবী কোন্থু কৌবী নুজাবু
লমলান মীৎয়েং চংবদি হাওবা করি রাখলনো
"হাদা ইতা চায়বী য়াইখিং কোন্থু কৌবীও

মীতৈ লকত্তা পোকলগা খঙ্বাল লমচৎ হোংলবা-ও।
মৈগী নৈরাং ওইরগা লমলান খোয়মু রাখল চংলি
সতী ধৰ্ম্ম' কাওরবোই প্রেমগী ঈচেলনা কনশ্লবা।
অঙম্বা কমখোল লৌরবা চোথে চিংয়া খুমন য়েং
কবিগুম্বা চিংনবা অমগী খুমন মোইরাং লাকইদো।
খুযোন ঈশৈ শকলকলে হাওবা দোলাই ৈফনা তোং
'মেল্লৌ খুৎতপ কঞ্জবী হুরাই চেংলৌ নিংথিবী
চিঙয়াসিদা মালংসি হুয়া নংবু চান্নবী।
মীচাপোক্কী হুংশিবী লমলান কাপী চান্নবী
নোমা কৌবা পুন্সিনা পুন্সি পুজোই যামলবদী
হুয়া নংবু কাওবখিগদ্রা পাখঙ থম্মোয ইংলখিগদ্রা
শকনাথবা শরিগী ভাংলৌ ওইরে নিংশিংদ্রা!
খুয়োন লাইব লমজ্ঞানী যাইথিং নংনা খন্দুনা
মিৎকী পিসি উদ্রবা চান্নবী নংনা কাওহুনা।
লমদম তান্না পাইথ্রবী চেক্লা নংবু চান্নবী
কাওবগে খল্লবোই অচৌ কোন্দা ওংহুনা।
খুমন নোংবান থুংলরে শৈশকশিবু ভাখবে
শাওবনা লুতোন কাখিদো তন্না খৎনবা হৌখরে।
খুংতা পাযবা শাজৈনা হাওবদা কারল লাকলকলে
হাওবা শাওবনা লুতোন কা খুংতগী তোংজৈনা কলকলে।
লেংগ লেংগ থৈনরে পাম্বোম পাম্বোম ভান্নরে
থরো কাংক্রম ওন্নবে মনাই ময়াম মীপাবরে।
অহল ওইর খুমনদো পাঙ্গল শকতী হল্লকলে

নোংল্লুখ্যদি য়াহৈনা থাইবী থয়াই নিবকলে।
তোংলোইদা ভংগবনা থাইনগী কোম্নু নিবকলে
থম্মোয় লৈবাং অমনবী থাইনগী লৈবাং নিরকলে
খুমন সনদা হৌখরে মনাই ময়াম পাওদমনা
চৌখি তাংলো অমদা মরিং হাণবা শাহনা
চশাহকোন্দা লাকখিবা লৈবাং খুপচাময়ম্বা
শাখি হন্দোন অনিমক মাগী লৈবাং ওইবম্বা,
ফৌনম চাওবী চানুও থাজ কৌবা লৈতেদা
চেংনা চন্না ওমলম্নু লৈবাং মন্দোন থোকইদা।
কাওবা শবতম উবদা মনাই কেন্নু খোমোন লোক
তাংশি বাহৈনা থেমলকলে খুমন য়াখল লৈতখ্রে
পনাখম্বা নিপানা ফনা শাওনা লাকসম
কুবাই অমুক বাহৈনা লাইনা কানখ্রেম চনভমই।
ফচিং তাংলো থোংজিলক চিঙম্বা শাওবনা মৈগুমখ্রে
তন্না কোম্নু তালকলে হজবা য়াহৈনা থেমলকলে।
"ইবেম্ম' কোম্নু হৌগৎলু নাপাম খম্বী মৈকল্লু
খুযোন মসম চাকশৌবে নপায় সঙ্গাই তুমহৌরে
ভাংলো লৈনা থেংলবদি মোইবাং লমদম উরয়োই।
মজবা য়াহ কোজাই অথি পাহৈ খিবিকনা
কোম্নু তন্না তালকলে। নাওরৈ পুঙা পাযহনা
লোকতাক ঈপাক লাংলকলে তন্না মোইবাং পাংলকলে
মপায় চাইগোলদা থুংলাবে য়াহৈ পুম্বা পাওদমলে।
গুপী কৌবী অসদি মপামগী য়াবু পনবদি

অহিং হুংথিল থায়দনা তানজা ক'হগা মচৎলি।
থুমন খৌদোক তমলকলে পলেম মমানা থারকলে
সোমদা থুমন্না চ'হনদ্রে হুজা রাবদা তারকলে।
মৌপ্না কপ্পা থকনবা আমুত খোমলাং থনমলে
পাংখোকলাদা হাপ্তুনা শুম্বল হু'দা থনমলে।
পারি মমোম অ'নবু পিরাং শিন্না খায়নরে
শয়ানবী মত্তারোই থংনবীদা শিন্নরমলে।
পিকল মচিল মৌপ্না থুমন চৈরাক খাংলকলে
সনজেল সনভাক চ'হঞ্জী চাবদা মনুক খলহলদে।
খোইনু পাঙল হাপচিল্লী কাপ্তবই চৈরাক থাংলকই
থুমনগী য়ামল যণযামদো লাইনা খোইনু শেনভমই।
হাঙ্ডাং ওইবই হৌনবা যণয়ামশিংহু জন্না হোইগৎচৈ
কল্লী হায়দনা মচৈবী খে'লবস্থু অচুম মফুবী।
কায়নথংদা খোইনু রাখল তৌরকলে মোইবাং তম্না চেন্নী'লে
থুমন নাক্তা লৈনিংদ্রে পলেম নাক্তা চৎলগে খল্লকলে।
নো'মা কোরৌ অঙনবা হাওদিগোন মৌপ্না নমদা পো
মোইরাং লমদম পাংলকই পলেম লমদম য়েংলকই।
পিকল অঙাং অনিদো পলেম লমদম খঙজদে
কাওবনা তুংদা তাল্লকই কিনা লোন্না চেনজৈবে।
অমনা অমুক হং অমনা অমুক তাক মোইরাং লমদম য়ৌরকএ
মীখোল অমা তাবদা কাওবা ওইরবই মনিংএ।
তাংলৌ মানা চাবস্থু অঙম্বা হমখোন লৌরবা
হাপ্তবা পম্ভৌ মপাম্থু তেশরা রাখোং শোমলুবদগী হল্লকপা,

মীয়াম মীখোল তাবদা অঙাং অনি লোংথরে
অথাপ্পদি লমদমদগী থৌদোকতুবু উথরে।
মপু মনাই ময়াম্না অঙাং অনিম্ন খিবদা
পাংখোকলালকতগী পুখোরকলে,
পাবী পুবি হাংবদা ময়াম্না
পারী মমোম ওইবম্বা অঙম্বা থাংবা ঙমখিদে
নোংবু খোংনা কপশিদো চৎনা থাগোলনা পুথরে।
মল্ল লৈরাং ওইরবী কোম্ন কৌবী হুজানা
পারী মমোম অনিবু ইথঙ খঙদনা পুরকপা
ঙকই ঙকই কোম্নুনা অঙাং নিহু ফংবদা।
মপু মনাই অনিনা পারী মমোম থাগোলনা
হুডাই পন্দোম পানজখি অবো[illegible]।

লোইরবা




